ঐহাক [illegible]হরিক অসী, অক্টোবর রিভোল্যুসন, ১৯৫৫ গী [illegible] গোলদন জুবিলি শেলেক্রেসনগী মরী লৈমনা [illegible]রামদা কচ্চরি। ইংশেক ১৯৩৫ দা হওখিবা রিভোলু-সন অসিগী বারি অমম্বুং মচাকশি অসী, লৈখিত্রবা পণ্ডিৎ খাগেন্দ্রজিৎ সিংহনা ঐহাকপু মতম অমদা অগাং ওইরবমু রিভো-লুসন অমুগা মরী লৈনবা খবক কয়ামা য়াওহনখিবা, পণ্ডিৎনা খম্মীরবা অরিবা চে কয়ামুক মচুগা লৈয়নবা কোর্টতগী তাহোক-চহনা কংজবা রেকোর্টশিং অমুগা মচু মথৈ পুনশীনঙবগা দুখোক চবনি। ইংশোক ১৯৩২ গী ঈশি খাঙজনা কোক্লনবগী তৌখিবা অন্দোলন অসিগী বারী লৈখিত্রবা রাজকুমার ভুবোনসনা সিংহ না খুগায়মনা তাকপীরম্মী। মখা ইবুংঙোনা হায়বিরকপা অমু-দগী মপুং ফাবা বারী ওইনবগী থৌজিনবদা লংলাগী লংখিন ফংবগুম থোকখি। মচুদগী মথং মথং পীজিনরকপনুনা লমাইবুং মখোংদা লৈবা চোংথাম চানবা, খ্বায়না জয়সিংহ হায়নমু খঙনবা লৈখিত্রবা ক্রিমন ফাইটর, মেরামচানা পোকপা, অসিনা অন্দো-লন অমগী মরমদা ফোঙবা মতম অমুগী খবর ময়াম পীবীরকপ-দগী ইবা ঙমজরাবনি। মদুগীদমকতা লৈখিত্রবা স্বাথা ইবুংঙো রাজকুমার ভুবোনসানা অমম্বুং চোংথাম ঙানবা অসিগী মকথদা হম্না হম্না খংগৎচরি।

মচাক লৈখে হায়দুনমু লাইবরিক ওইনা হেক্তা ফোংদোক-পগি য়াদবনিনা চঙশদোরিবা শেলগী মতাংদা খরনকপা মতমদা পলিতিকেল সফরনস এসোসিয়েশনগী ফোরদা শীংজবৈ চোংথাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীচোংথাম চাউবা সিংহনা লাইরিক অসি ফোং-দোক্তনা থৌরাং তৌবগীদমক খাগৎচরি। মৌনা থৌজিনবগী থবক তৌরম্লিবা রিসার্চ কমিশনগী মকমদা খরদংদা ওইরবমু মতেং ওইরু-বদি লাইরিক অসী ইঙবগী মহুম য়াম্লে খনজগনি।

খারগী

লাইশ্রাম ইবোবী সিংহ

বাংখৈ কৈথেল অপাংবা, ইম্ফাল

# ৱায়োল থবক্‌

ঐখোয়না দেশ ভক্ত অমসুং দেশ প্রেমী হায়রদা মরৈবাকপু নুংশিবা অমসুং মরৈবাক নিংবা হায়না খংনৈ। মরৈবাকপু নিংবা নুংশি'বা কয়ানা মরৈবাক্তা থমক মশাগী ওইজবা পুখনমক থাদোক-তুনা মরৈপাক মচাশিংগী অবাবা কোকনবা হোৎনবদা অকমবা পুনসিগী শারফম থেংনখি।

সতাব্দি ১৮শুবগী ময়াই চল্লকপা তাংকদা অসি ভারতবাসী অপুম্বগী খঙ্গোইদা বৃটিশ সরকারগী মুপনম সাসনগী অরাবগী য়াক্লবা মমি তাকিবা মতমনি।

মতম অসিরাইদনি ভারতবাসী পুম্নমকনা মহাত্মা গান্ধী-জিগী লুচিংমথাদা ভারতপু মীনাই য়োংকহিংদগী নানথোকনবা বৃটিশ গভর্নমেণ্টকী মাইয়োক্তা অকনবা অন্দোলন তৌখিবনি। ভারতবাসীশিংগী অরাবসী কোকনবা অথোইবা উপাইদি স্বরাজ ফংনবা হোৎনবনি। মনিপুর হায়বসী ভারতকী নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংগী মরক্তা অপিকপা ষ্টেট অমনি।

শ্রীলাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ, মানপুর ষ্টেটতা পোকপনি। মহাকনা ত্রিপুরা মহারানীগা তিল্লরুবদগী মহাত্মাজিগী লুচিংমথা দা কলিকাতদা ইংশোক ১৯২৮ দা ফমখিবা কংগ্রেস সেসন্দা ভিজিটর অমা ওইনা য়াওবা ফংখি। মসিদগী মহাক্কী রাখলদা মরৈবাক নুংশিবগী মমি তাবা হৌখি। মথানঃ— মহাত্মাজিগী অহিংসা অমসুং স্বরাজঃ— ভারতবাসী পুমনমক্কী অরাবা কোকনবা অহিংসা অমসুং স্বরাজগী মন্ত্র অসিগী মঙ্গন থরু ফং-থিবদু খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা মনিপুরদা চাংয়েংনিংখি।

ইংশোক ১৯৩২, মনিপুরদা নিংথৌগী শক্তি য়াম্মা কনবা মতমনি। নিংথৌনা তৌনিংবতা তৌবা মতমনি। মনিপুরদা মতম অসিদা করিগুম্বা রাজনিতি দল অমতা লৈরমদে।

মনিপুরগী আর্থিক অবস্থা য়াম্মনা কত্তবা মতমনি। মেট্রিক পাস তৌবা মী অমনা থাদা লুপা ১৫, বি,এ, পাস তৌবা মী অমনা লুপা ২৫ ফংবা মতমনি। মতম অসিদা খুমথোংদা টীশিং খাজনা লুপা ২॥ থীবা রানা থোক্লমী। অতুগী মথক্তা লৌরিবা খাজনা মরৌ অতুগু চুমদে। মরম দু লৈকাই অমদা টোটী কোক্ফু অমতমক লৈরমী মতম অতুদা গেন্দ্রজিৎনা মীয়াম খোমলগা

নিখিল মনিপুর প্রজা হায়বা দল অমা শেমখি। দল অমা শেম্বা হায়বদি মী অমতগী বাখলনি। মী অমতগী ব্রাখল অদুবু মশীং কয়াদা পুরিনবা হোৎনবা হায়বসি লুচিংবশিংগী মথৌনি। অশুম তৌনা মীয়াম খোমজুনা অহানবা চাংয়েং ওইনা ঈশিং খাজনা কোকনবগী অন্দলোন তৌখি। অন্দোলন অদুদা মরৈবাক নিংবা শকমাইরবা মী মঙা জেল তাখি। অন্দোলন অদুদা ঈশিং খাজনা পাকোক কোকত্রবগ রেৎ খরদি হন্থহনবা ঙমখি অনিশুবা লাল-হৌ ওইনা ইংশোক ১৯৩৫ দা দল অসিনা অচৌবা রিভোলুসন অমা হৌখি। ভোটিং সিস্টেম ইন্ত্রধইস তৌনা মনিপুর ষ্টেট দরবারদা প্রজাগী মীহুৎ য়াওহনবা, ঈশিং খাজনা কোকনবা, একাগাড়ীগী খাজনা কোকনবা, লৌ ইংখোলগী খাজনা নিষ্ঠী মরিমকা থীবা য়াহনবা অসিনচিংবা দাবী কয়ামুক্তা রিভোলুসননি।

রিভোলুসন অদুগীদমক লরাই অমপুং ইস্কালগ মফম কয় দা পরিক মিটীং তৌরগা প্রজাগী সহযোগ কংনবা হোৎনখি। প্রজাশিংনা মতিকচাবা সহযোগ পীখি, সহি পীখি। ইস্কালগী য়ুমথোং খুদিংদগী শেল খায়খি। রিভোলুসন অসি।। মরি লৈন-না খগেন্দ্রজিৎ সিংহনচিংবা মরৈবাক নিংবা মীওই ৯বু আই পি সি সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না ফাখি মী ৫ বু খাজংতা থম্লগা মী ৪ বু জামিন্না থখি। বিচার লোই-রবা মতমদা মী ৬, পু থবক শুবা জেলদা মিয়াদ পীখি, মা ৩ বুনা মরাল কোকপিনা থাদোকখি। অসিগুম্বা মরৈপাক নিং-বা মী কয়া চী দা শাংপা ইণ্ডোল্লা চিন্নদনা কেনখিবগুম কেনখিদবা নত্তে। অসিগুম্বা মীওই কয়াগী পুক্নি রারা থীরক্লিবা চাং-তমগী নহারোলশিংদা থংহল্লবা হোৎনবদা লাইরিক অসিনা য়াম্না কান্নবা পীবা ঙমগনি খল্লি। মসিনা মনিপুরগী অপুনবা শক্তি শেমগৎ-পদম অচৌবা মতেং ওইগনি চাৎ-তম অনিগী তিমরগী শক্তি কংগনি।

Dated, Imphal
24 ; 10 ; 85

আর কে, রতন সিংহ
কাউণ্ডর ভাইস প্রসিদেন্ট,
M.P.C.C. (I)

# নিখিল মনিপুর প্রজা

লাইশ্রাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ (লাইশ্রাম ইবুংঙোহল) ইং শোক ১৯২৩ দগী ত্রিপুরাগী মহারানী শ্রীমতি রত্নমঞ্জরী দেবীগী প্রাইভেট সেক্রেটরী ওইদুনা লৈখিরম্মী খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী জ্যোতিষকী থবক্তা পেনবীরদুনা জ্যোতিষ রত্নকার হায়বা মিংথোলগা লোয়নবা মেডল, সার্টিফিকেট অমদি মনা কয়ামুক পিখিরম্মী। (ত্রিপুরাগী মহারনী রত্নমঞ্জরী দেবী, মনিপুরগী দেবেন্দ্র মহারাজগী (খাবমতাবা মহারাজগী মচানুপীনি)। মচা পোক্কবী অহলগী মতম ওইরবী লুপ্রা ওইরবী মহারানীনা খগেন্দ্রজিৎ সিংহ জ্যোতিষ রত্নকারবু মচামক্কুমনা লুনা তৌবিখি। ইংশোক ১৯২৬তা মহারানীনা ভারতকী তীর্থ কোয়বা মতমদা মনিপুরদগী খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারী থরোম্মাবুসু কৌদুনা লোয়নরম্মী। ইংশোক ১৯২৮দা মহারানীগী অনিরকশুবা ভারতকী তীর্থ কোয়বা মতমদদি মনিপুরদা লৈরিবা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুং মনুংগী মী শুমনমক অমসুং মনিপুরদগী খগেন্দ্রজিৎকী থাঙ-তাগী অমদি মাইবগী সেবক কয়াম্সু লোয়নরম্মী। খোঙচৎ অদো কলিকাতাদা থা ৭ লৈরিঙৈগী মনুংদা ভারত কংগ্রেসকী মফম ফমখি। কংগ্রেসকী রিসেপসন কমিটিগী মীওইশিংনা হায়রকপদ, মহারানীনা সেসন অত্তুগীদমক দান চাউনা তৌখি। খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু ভিজিটর ওইনা সেসন য়াওননবগী হায়খিরম্মী।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহ সেসন অদুদা ভিজিটর ওইনা য়াওখি। সেসন অদুদা গান্ধীজীগী ভাবন তাবদগী খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী পুক্কিংদা রাজনৈতিকী মরু হুনখি। সেসন লোয়রবা মতমদসু অথাপ অথান্না লমদগী লাকপা দেলিগেটশিংগী অয়াং অপা

কয়াগী মহারানীনা মতেং পাংখি । কলিকাতা থাদোক্লুনা অতৈ মফমশিংদা মহারানীনা চ'লকপা মতমদগী লম লম অহুদা লৈ' রম্বা অরাবা, খুদোংচাদবা কয়াদা মহারানীনা মনা য়ামনা তৌখি মরু ওইবা পোরম্বদেন্সীস ফণ্ড অমসুং লোকেল দিভলপমেন্টকী মায়কৈদদি । অসুম তৌনা তীর্থ কোয়রকপা মতমদা লম লমগী প্রজাগী থবক তৌরমলিবশিং অমুক্ত ক'গ্রেসকী মীওই ওাক্ন ওইনা তৌরমী । মতম অহুদা মফম কয়াদা গান্ধীজিগী লুচিং মখাদা প্রজাশিংনা তৌবা অন্দোলনশিং অহুম্ব খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা নিংখিনা ইদ তৌবা ঙমলকখি । মহারানীনা অসুম তৌনা তীর্থ কোয়রকপা অহুনা মনিপুরগী কোনুংদা ইংশোক ১৯৩০দা চহী অমরোম লৈরমলগা ইংশোক ১৯৩১গী মার্চ লোইরবদাইদা ত্রিপুরাদা হনখি । ইংশোক ১৯৩১গী তথায় চল্লকপা অহুরাইদা মহারানী রত্নমঞ্জুরী দেবী, ত্রিপুরাগী কোনুংদা লৈখিরে ।

মহারানী রত্নমঞ্জুরি লৈখিদবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী রাথলদা ভারতকী মফম কয়াদা প্রজাগীদমক প্রজাশিংনা তৌরিবা অন্দোলন অহুমনা মনিপুরদসু পায়খৎপা পামলম্মী । তৌইশুমসুং মনিপুরদি নিংথৌ পানবা ষ্টেট অমা ওইবা মরম্বা অতৈ মফমশিং অহগী চৎনবী অহুগদি চাউনা খেংনরম্মী । বৃটীশ অমদি নিংথৌগী শক্তি অহুকপা ফংনা কনবা মতম অমসু ওইরি । মরম অহুনা কোংনা রাজনৈতিক নৈনবা রাজনৈতিক দল শেম্বহু মনিপুরদদি য়াদে । অসুম তৌনা লৈরিবা মনিপুরদা করমনা রাজনৈতিক অন্দোলন পায়ইৎকদগে হায়বসা কুপনা খল্লম্মী ।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা সেরাম কলা, চোংথাম মেরামচা, মথুরা বাসিময়ুম তোমজাও শর্মা অমসুং রাজকুমার ভুবোনসনাগা লোয়নবা গৌরসম্প্রদাই মহাসভা কৌবা সভা অমা শেমগ্রে । সভা অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি গৌর ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমকনি । ইম্ফালগী মফম কয়াদা ধর্ম্মগী অচৌ অচৌবা সভা তিন্নবা হৌংপৎলকখি ।

অসুম তৌনা থম্বগী অচৌ অচৌবা সভা তিনবা, অসিগী মরক্তা রাজনৈতিক নৈনবগী খুদোংচাবহু ফংলকখি। থম্ম'গী সভা তিনবশিং অহু খবরনচিংবদা পাক-শন্না ফোঙহুনা তিনবা সভা কয়া য়াওখি। হায়রিবা সভা নতম অসিদা ইফালগী প্রজাশিংনা থেংনরিবা খ্বায়দগী অৱাবদি ঈশিংগী খাজনা থীবা ডমদবা অসি-না ওইরম্বী। খুঙ্গংদা পোইন্তুগী মতমদা লুপা ১গী কৌ সংবাই ৪ ফংবা অহুগা ইফালদনা লুপা ১গী ফোং শংবাই ৩ ফংবা মতমদি অহবা খাজনাগী রেংনা চপিদা যুমথোংগী ওইনা লুপা ২॥ থীবনি। অতুগা নীপা অমনা নোংমদা লৈপাক তৌহু-না উ থায়হুনা তানবা ডম্বা শেলগী চাংনা পৈশা ৬ নি। কৌজিঙ্কী পৈশা ০.১০)হায়বিবা ঈশিং খাজনা অসিহু পব্লিক হাইত্রেক্কী-দমক্তনি, ঘুম থুমদা ঈশিং পীবগী নত্তে

ইং শোক ১৯৩২গী এপ্রিল থাদা খাগেন্দ্রজিংনা লুচিংহুনা মনি পুরগী মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা, শেস্থোক লৈত্তবা লাইবা প্রজা-শিংনা ঈশিং খাজনা থীবদা অয়াবা ওইরে। মরম অহুনা ঈশিং খাজনা কোকপিরো হায়না দরখাষ্ট অমা থাখি।

দরখাস্ত অহুদা মনিপুরগী প্রজাশিংগী মরক্তা লৈত-লায়রগী থেংনরিবা অৱাবা পুমনমক শেংনা তাকহুনা ইখি 1 মরম অহু, মনিপুরগী নীপা অয়াম্বনা মনিপুরদগী মপান্দা কোয়না চৎতু-না শেল তানবগী লম্বী থীনবা শতমনি। ইমুং অমনা নোংমদা তানবা ডম্বা শেলগী চাং অহু য়ামনা পীকপা মররনা প্রজাগী অৱাবা ওই রবনি হায়বনা চংবা দরখাস্ত অহুদা য়াওখি। মহারাজনা হীরম অসিদা কুপনা থিজলবা মতু দা ইংশোক ১৯৩২ গী মেগী তাং ৯দা খোকপা ওদ'র অমনা লুপা ২॥. থীরিবা ঈশিং খাজনা অসি লুপা ২ দা হনথরে হায়খি। মহারাজগী ওদ'র অহু মনি-পুর ষ্টেট দরবারগী কোরেস্ট থেম্বরনা নোটিশ ওইনা থোকখি (মতম অহুদা বাটর সপ্লাই দিপার্টমেন্ট লৈবমদে মরম অতুনা ঈশিং গা থবক অসি কোরেষ্ট দিপার্টমেন্তনা পুরম্মি. ৷ প্রজাগী থারকৈ

দখী ঐশিং খাজনা লুপা ২'২ খীবস্ত ওবজরোই, প্রজাগী ফীভম অসি য়াবা করবনি, অদুনা ঐশিং খাজনা অসি পুংকোক কোক শিন্নু হায়না অমুক হঙা দরখাস্ত থাখি। মহারাজনা খীরন অদুদা কুপনা য়েংশিল্লগা লায়রবা চুদবরবা, প্রজাবীমচিংবা খায়দগী হেৎনা? খুদোং চান্নবা মীভা মথৈ ঐশিং খাজনা কোকখ্রে। অদুগী তুংদা ঐশিং খাজনা কয়া থৌগৎলকলে। মতম অদুগী সরকারগী থবক অসি মেরা থা অসি য়াগা কয়া তৌই। মরম অদুনা অহল অমবশিংনা মেরা চাওথৌ লাক্লে, চেকশিল্ল, হায়না হেক হেক হায়নৈ। মতম অদুদা প্রজাগী লুচিংবশিংনা কুপনা খল্লরগা মহারাজদা অমুক হনবা ঐশিং খাজনা অসি পুংকোক কোক-শিল্লোই হায়রবদি লু: (০.৭৫) পী রেঙা থাহনবীরো হায়না দরখাস্ত থাখি। অদুম তৌনা অক্টোবর য়োংশিল্লক্লে। প্রজাশিং-মন্থ মখোয়গী দরখাস্ত অদুগী মতুং ইলা থবক চংথবিরো হায়না কননা তকশিল্লক্লে অদুগা সরকারগী নায়কৈদগীসু কননা থৌগৎ-লক্লে। খাজনা য়াম্না তোমবা মানু কাহনা জেলদা পীবা হৌরক্লে। তাং ১৬/১০/৩২ ইংদা মনিপুর ষ্টেট দরবারনা থোকপা নোটীশ অমদা লুমিং হুমনিগী মখুংদা ঐশিং খাজনা থিদোকত্রবদি খাজনা খাদবা মী পুথনমক ফাহনা জেল পীরগনি হায়খি। মতম অদুদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী বাখলদা প্রজাশিংনা থেংনরিবা অরাবা অসি কোক্লবা হোৎনবা তারবাদি রাজনৈতিক অন্দোলন অনা দরকার ওইরে হায়রনা থনখি। মুনিং অদুমকদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা লুচিংলনা সেরাম কালা, মথুরাবাসমন্ম তোনজাউ শর্মা, রাজকুমার ভুবোন সিংহ অমসুং চোংথাম মেরামচাগা লোয় নরা নিখিল মনিপুর প্রজা হায়বা কৌবা রাজনৈতিক দল অমা শেমখি। অদুগা তাং ১৭ | ১০ | ৩২ ইংদা পুলিটিকেল এজেণ্ট সাহেবতা দরখাস্ত অমা থাখি। দরখাস্ত অদুগী মরোলদি মহারাজদা ঐশিং খাজনী রেং অসিদা হৃবীয়ু হায়না দরখাস্ত থাখিবৈদা মদুগী মরোল অসিদি হায়ব। মহারাজনা সু য়াবং তৌখ্রিবৈদা দরবারনা লুমিং হুমনিগী মখুংদা ঐশিং খাজনা খীদনা থথৈ

ফাড়ুনা জেলদা পীগনি হায়না নোটিশ তৌরিবসি অচুম্বা নত্তে। হোৌজিক মহারাজগী সনা য়াথং অমা লাকত্রিফাওবা মী ফাবা তৌহনবীগন্নু হায়বা দরখাস্থনি। অহুবু দরখাস্ট অহুগী কাগ্নবা লৈখিদে। মহারাজনা অথুবা ওর্দর অমা তৌবগু লৈত্রে সরকারনা ঈশিং খাজনা খীদবা মী কয়ামুক ফাগনা জেল পীরক্লে। নিখিল মনিপুর প্রজাগী লুচিংবশিংনগু অন্দোলনগীদমক শেম শাবা হৌগংগ্রে। তাং ৭-১১-৩২ ইংদা শ্রীসেরাম কালা অমসুং শ্রীমথুরাবাসিময়ুম তোনজাউ শর্ম্মা অসিনা লুচিংহুনা মীয়ামনা সহরদা সভা যাত্রা চংগ্রে। অহুগা ঈশিং খাজনা তোনবগীদমক ফাড়ুনা জেল পীবা য়ানিংদে হায়না শ্লোগান লাউখি।

লুচিবা অমি সুমিং অহুমক্তদা ফাগুমা জেল পীগ্রে। তাং ৮-১১-৩২ ইংদা রাজকুমার ভুবোন সিংহ, রাজকুমার লাৎ সাহেব অমসুং রাজকুমার তোম্বীরৈসনা অহুমনা লুচিংদুনা মী ৩০০ লোমনা সহরগী অকোয়বদা ঈশিং খাজনাগীদমক মী ফাহুনা জেল পীবা য়ানিংদে, ফাখিবা মী গুমনমক থাদোকদবনি। হায়না লাউদুনা চংগ্রে। লুচিংবা অহুম ফাড়ুনা জেল পীগ্রে। মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা প্রজাগী লৈরিবা ফীভম কুপনা য়েং লগা অন্দোলনগী লুচিংবা মগুমক তাং ১১,১১,৩২ ইংদা লোইনা থাদোকলে। ঈশিং খাজনাগীদমক অনৌবা ওদর অমা থুনা তৌরগনি, অন্দোলন তৌরগনু হায়রকখি। মহারাজগী ওদর মসুং ইগ্না মনিপুর স্টেট দরবারগী ফোরেস্ট মেম্বরনা তাং ৩০-১১-৩২ ইংদা থোকপা নোটিশ অমদা ঈশিং খাজনা য়ুমথোংগী লুপা লুপা ২/২ থীবা তারম্বহ চহীদা য়ুমথোংগী ওইনা লুপা ১॥/১॥ দা হম্বরে। হায়রিবা হম্বরিবা রেং অসিদা হাপ্পা তোল্লবা পুরমকগু থীরো, অহুগা মহুগী মমাংদা লৈরবা জরিমানা গুমনমকপু কোকলে হায়না নোটিশ অহুদা য়াওরে। নোটিশকী কপি মথাদা উৎচরি।

# মনিপুর ষ্টেট দরবারগী নোটিশ

# নোটীশ

মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত মনিপুরেশ্বর মহারাজ সি, বি, ই, গী
সনা য়াথং ১৯৩২ ইংগী ওদর নং ৩১
শিগী মতুং ইন্না মনিপুরগী প্রজা পুম্নমক্তা
খঙহল্লি ।

প্রজাগী অনংবা অবস্থাসি খনবীদুনা শ্রীযুৎনা ঊশিং খাজনা মমখোংদা লুপা ১।। অনাদা হন্থহনবীরে । বাকিগী জরিমানা য়াওদনা হন্থরিবা রেৎ (চাং) অসিদা খিগদবনি হায়না য়াথং তাকশিরে । চংশিনবা" চহি অসিগী খাজনা ইংশোক ১৯৩৩গী জানুয়ারীগী তাং ৫দা মত্রগা মমাংদা অহুগা মখয়ী বাকিনা ইংশোক ১৯৩৩গী মাচকী ২০গী মত্রগা মমাঙদা শোয়দনমক খীগদবনি হায়না সনা য়াথং খঙহনবীরক্রে । শ্রীযুৎ সনায়াথংগী অয়োল অমুক্তা ষ্টেটকী গেজেত্তা য়াওরকনি ।

ইম্ফাল
তাং ৩০-১১ ১৯৩২

ফোরেষ্ট মেম্বর
এস, এস, সিংহ

নিখিল মনিপুর প্রজাগী লুচিংবশিংগা মহারাজগা উনবা মতমদা মহারাজনা হায়বিরকখি মতুদিঃ— চহি অহুমগী মতুংদা ঊশিং খাজনা পুমকোক কোক্রবা তৌরগে হৌজিক প্রজাশিংনা বারবম্ন য়ানা হৌজিক লেপলিবা লুপা ১।. গী রেৎ অসিদা অহুমক খীবেক্লো । মহারাজগী য়াকম অসিদা নিখিল মনিপুর প্রজাগী লুচিংবশিংনা য়াখি । অহুগা মখোয়না তৌরম্নিবা অন্দোলন অমম্ম অচৌবা মাইপাকপা অমনি হায়না লৌখি । অসুম তৌনা মহারাজগী সনা য়াথং মতুং ইন্না চহি অহুম তাইবা তাখি ।

মহারাজগী স্না য়াবং অয়মক্তি দরবারনা থোক্লিবা মোঙীন অহৃংদি য়াওবা নত্তে অহৱ্ কুপনা শ্রীজিল্ল্ বদদি মহারাজগী ওদ'রদদি হায়প্রিবা য়াহৈ অওম্মক নরবন্ত্র অতুগা মাগ্নবা য়াদি য়াওরম'ক অতুমনদি ওইরবদা চহী অহুম হেক শুবগা থাজনা পুমকোক হেক কোল্লনি হায়বদি নিখিল মনিপুর প্রজাগী লিদরশিংনা খঙ্গে মরম অহুনা মখোয়গী ওর্গেনাইজেসন কাখৎলবা কয়া হোংনবা তাখি। "নিখিল মনিপুর প্রজা" হায়বা ওর্গেনাইজেসন অসি মনিপুরগী অহানবা রাজনৈতিকী ওইবা ওর্গেনাইজেসননি অহুগা ইং শোক ১৯০২দা ঐশিং থাজনা কোল্লবগীদমক তৌখিবা অন্দোলন অসি মনিপুরদা তৌবা ওরগেনাইদ রাজনৈতিক অহিংসাগী অন্দোলননি।

ইং শোক ১৯৩৪ হৌগৎলকপদা নিখিল মনিপুর প্রজাগী কমিটি নৌনা শেমদোক্লে। শেমদোক্লিবা অহুগী মওংদি থুরাই, বাংগৈ, থাঙ, য়াইস্কুল হায়বনা লৈরিবা অসি ওর্গেনাইজেসন অসিগী কনষ্টিটুয়েন্সী অমমম ওইনা লৌরগা থুরাইদগী ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ, বাংগৈদগী শ্রীলাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, থাঙদগী চোংথাম মেরামচা ১নং য়াইস্কুল কেন্দ্রদগী হিজম হরাইমতোল সিংহনি। শ্রীলাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু প্রেসিদেন্ত হাপখ্রে। বাকিং কমিটী অসিনা মপান্দগী মী অমি হাপচিন্দুনা সেক্রেটরিয়েংতা লৈহনখি। শ্রীরাজেনবম নিংথৌজাও সিংহবু জেনেরেল সেক্রেটরি অমসুং শ্রীপুংশুবম নিংথৌজাও সিংহবুনা এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি হাপখ্রে। অসুম তৌনা নিখিল মনিপুর প্রজাগী ওর্গেনাইজেসন শেমগোকখ্রে

মরক অসিদা মনিপুর স্টেট দরবারগী মেম্বরশিং, চৈরাপ কোর্টকী মেম্বরশিং অমসুং সদর পঞ্চায়েৎকী মেম্বরশিংনা টনি-সিয়েটিভ লৌহনা মহারাজগা তাররগা কনচয়েন ওর্গেনাইজেসন অমা শেমগৎনবগী থৌরাং তৌবা হৌরক্লে। হায়রিবা ওর্গেনাইজেসন অসিগী মমিং নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা হায়না কৌহুনা পৃথিবীদা লৈবা নৈতৈ পুমনমকী ওইবা ওরগেনাইজেসন অমা

ওইবা শেৰমংসনগী থৌৰাং তৌনবনবগনি । মথৌৰাং অসিগী পান্নম কনবা পান্দমনি । হায়রিবা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা অসি ইন্দালগী পুলিস লেন্দা কনবনবা পঙ্গালনচিংবা শাক্ষে । ইং শোক ১৯৩৪ গী মেগী তাং ২১ দগী তাং ৩০ ফাওবগী সুমিং ১০ নিগী ওইবা শেসন কয়নবা প্রোগ্রাম শেমদুনা খবরদা ফোংদ্রে সেসন অসিগা লোয়ননা অচৌবা মেলা অমা তৌনবগী থৌৰাং পুমনমকচু লোইংদ্রে । মহারাজনা রাজবেষ থোন্দুনা সেসন ওপন তৌনবগী যাকনবা প্রোগ্রাম অহুদা য়াওরে ।

ওর্গেনাইজেসন অসিগী ফনবা পান্দম অহুগী এগ্রিসিয়েৎ তৌরবম্ পোলিস লেনদা মহাসভাগী সেসন কমনবগীদমক তৌরিবা থৌৰাং অহুবুদি 'নিখিল মনিপুর প্রজা" গী লিপয়শিংনা য়ানিংখিদে । মরমদি মৈতৈ পুয়াদা হায়রি । মকম অসি মী তিল হৈদবা অরুবা লাইফম ওইনা লৈবনি । মথম অহুনা খগেন্দ্রজিৎ নচিংবা "নিখিল মনিপুর প্রজা" গী লিদরশিংনা তাং ১৯ ৫।৩৪ ইংদা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহজোদা অইবা দরখাস্ট অমা, মকম অহুদা মহা সভাগী সেসন কমনবগী তৌরিবা থৌৰাং অম য়ানিংদবগী রাখল ফোংদোকতুনা থাদ্রে । দরখাষ্ট অহুদা মরু ওইনা পরিবদি পোলিস লেঙ হায়রা খঙনরিবা হৌজিকমক্তা মহাসভা ফমগনি হায়না থৌৰাং তৌরিবা মকম অসি লাইনিংথৌ শোরাবগী লাইওবাংনি । হয়িথোংবাব হায়না পুয়াদা লৈরিবা মকম অহুনি। মকম অসি মী তিলহৈদবা অরুবা লাইফমনি । মকম অসিদা মীয়াম তিনদুনা মীয়ামগী ফনবা যা খন্দদা লৈবাকী অমগুং নিংথৌগী অফবা ওইরোই । অকবা লাকপগী মহুত্তা লৈবাক ঊৰাং হোবা, দেশ অসিদা শান্তি থোকদবা মফমনি । মরম অহুনা লৈবাকী অফবা যা খগবদি মকম অসিগী মহুত্তা মনা কোদুংদা, শ্রীগোবিন্দগী মান্দপতা ওইরবত কনবা অফবা ওইগনি । মতম লৈরিতৈদা শ্রীচুংনা মীংয়েং চঙবিহৌ হায়বনচিংবা মরোল য়াওবা দরখাষ্টনি ।

"নিখিল মনিপুর [illegible] [illegible] [illegible] কংবগা মহারাজনা মনা কোন্নুংগী অশং [illegible] [illegible] হৌহনা রা তানখি। হায়রিবা বাকব অদু য়াম্না থকবা, অমশুং [illegible] য়াকমনি হায়না মহারাজনা লৌখি। মতমদগী মহারাজনা মহাসভা গী সেসনগীদমক শারিবা পন্দাল অদুগা সেসন কন্দনবা য়াথং পীখি। অমসুং সেসন অদু মনা কোন্নুংগী রাসমণ্ডল হায়রা মফম অদুদা ফমখি। সবজেক্ট কমিটিগী মিটিংনচিংবসু তোং-গান তোংগানবা মফমদা চংখত্রে। তাং ২২-৫-৩৪ ইংদা মহা-সভাগী সেসনগা মরী লৈনবা বেলাগী ওপনিং ফংসন অদুসু মহারাজ লেংথোকখিত্রে, মেলাদি পোলিস লেন্দা কায়দনা অদু-মক চংখখি।

মতাং অসিদা "নিখিল মনিপুর প্রজা"গী লিদরশিংনা লৌরিবা রোলদি করিনো হায়বদু মনিপুরগী সাসন তৌরিবা কাওবুমা মহারাজগী মীনি হায়দুনা লৈরগা করিগুম্বা থবক অমা পায়খৎলকপা মতমদা অফ-ফত্ত য়েংদনা মখোয়না তৌনিং-বা থবক অদু হেক্না তৌই। মদুগী ফলনা লৈবাক্তা অমদি নিংথৌগী অকায়বা কয়া থোকহল্লি হায়বদু নীংথৌনা প্রমান তৌবা অসিনি। অমম তৌনা লৌরিবা রোল অসিনা রাজনৈতিক কী শক্তি হেনগংহল্লি।

ইংশোক ১৯৩২ গী ওক্টোবর থাদা মহারাজনা চহী অদুম লৈরগা ঈশিং খাজনাগী মরমদা কনসিদর তৌগনি হায়না "নিখিল মনিপুর প্রজা" গী লিদরশিংদা হায়খিবদু কুইরকত্রে। ইং শোক ১৯৩৫ য়ৌশিল্লকবা কান্না গৌরসপ্রদাই মহাসভাগী অচৌবা সভা কয়া ফমলক্লে। মদুংদা রাজনৈতিকী কীডম চেৎশিন্নবা কন্না হাংনরক্লে। তাং ১৯।৮।৩৫ ইংদা "নিখিল মনিপুর প্রজা" গী লিদরশিংনা মনিপুরগী মহারাজ চুরাচান্দ সিংহজীদা পোইন্ট (মিপাম) য়াওবা মেমোরেন্দম অমা থাগৎলে। হায়রিবা পোইন্ট অদু মথাদা উৎচরি।

## ১। ভিলেজ ভলন্তিয়ার কোর্স শেমগৎপা

মনিপুরদা পোলিসনা অতুপ য়াম্না কনা ঙাক্লিংদৈ অসিদা হয়ান চিংদ্রি। নুং পাং তৌবদি নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। মরম অতুনা প্রজাবু শান্তি ওইনা মরাতপনা লৈবা ঙম্নবগী-দমক লৈকাই, খুলং খুদিংদা ভিলেজ ভলন্টিয়ার কোর্স শেমগৎ-নুনা পোলিসকী মতেং পাংহন্নবদি প্রজাশিংনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমগনি। মরম অসিনা লৈকাই খুলং খুদিংদা ভিলেজ ভলনটি-য়ার কোর্স শেমগৎপীয়ু।

## ২। ঈশিং খাজনা কোকপিরো

ইং শোক ১৯৩২ গী ওক্টোবর থাদা ঈশিং খাজনা লুপা ১॥ গী রেত্তা চহী অহুম থীরগা অমুক কনসিদর তৌবীগে হায়-না হায়বিখিবহ হৌজিক চহী অহুম মুরে, মরম অতুনা ঈশিং খাজনা কোর্কপিরো।

## ৩। একাগাড়ি খাজনা কোকপিয়ু

ফসল ফংদবা একাগাড়িগী খাজনা কোকপিরো। (ফসল ফংদবা হায়বদি রিকসোঙমনা ভারা ফংবা মঙবা হায়বনি)

## ৪। লৌ-ইংখোলগী খাজনা ইন্সটোলমেণ্ট ৪রক্তা থীহনবিয়ু

মনিপুরগী প্রজাশিং অসি য়ামনা লায়রবা, শেনখোক লৈঙবা প্রজানা অয়াম্বনি। মরম অতুনা লৌ—ইংখোলগী খাজনা য়ামনা তোল্লিবনি। প্রজাশিংগী য়াথলদা লৌ-ইংখোলগী খাজনা থী-দোকনিংদবদি নত্তে। ইনস্টোলমেণ্ট ৪ রক্তা, থিহন্নবীরবদি প্রজা খুদিংমকনা লৌ ইংখোলগী খাজনা থিদোকপা ঙমগনি। মরম অসিনা লৌ—ইংখোলগী খাজনা ইনস্টোলমেন্ত ৪রক্তা থীহনবীয়ু।

## মিলদা চেঙ তকপা থীংবীয়ু

শেনজাও প৷য়বা থরনা মিলদা চেঙ তকপা মরমদগী মনিপুর-গী লায়রবী মুপী ফোঙবী কয়াগী থবক হ৷৪লে । ফো-ঙুবনা হিংজরিবা প্রজাশিংগী য়েংবীহুনা মিলদা চেঙ তকপা থিংবীয়ু। (রাইস মিলগী ওনরশিং অসী অয়৷মনা ম'মিশুরগী মপান্দা চেঙ থাবগী এজেন্ট ওাজনা অয়াংবনি । মথোয়না পোইমুগী মতমদা ফো য়ামনা য়ান'শন্নুনা স্টোক তৌরগা চেঙ তকুনা মপান্দা থাদোকখিবা মরমনা চেঙ-ফো তাওহনবা অমসুং হোঙহনবসী মথোয়গী মথু তা লৈখি ) ইঙা-ইঙেন য়োৗরবা, লৌমীশিংনা র৷রবা মতমদা চেঙ ফো ত৷ওবা তত্তনা থোকই মহুদগীমু কনবা ওয়গনি হায়রবা য়াখল য়াওরি ।

## কোঃ ওপরেটিভ সোসাইটি শেমগৎপীয়ু

কজুমরস কো-ওপরেটিভ সেমগৎপীরগা লৈকাই খুজং খুদিং-দা অহো'ব৷ দুকান হাংবিয়ু । (কেয়৷র প্রাইস থোপ লিংখৎপিয়ু)

## জুদিসিয়েল মেম্বর হপ্পদা প্রজাগী ভোট লৌবীয়ূ

মনিপুর স্টেট দরবারগী মেম্বরশিংগী মরকা জুদিসিয়েল মেম্বর মসি হান্নদদি প্রজাগী ভোট লৌহনা হাপলগা লৈবাকো প্রজাগী অফবা ওইগনি । লাইরিক হৈবা মহারোল ওাজনা প্রজাগী দাসন তৌবসী প্রজানা পামদে । অহল থর ওইবা জ্ঞান তারবা মীওই সাসনদা য়াওবা পামজে । মরম অদুনা জুদিসিয়েল মেম্বর হাপ্পসী প্রজাগী ভোট লৌবীয়ু ।

## মহারাজনা মনিপুরগী মপান্দা কুইনা লৈথোক-পীগনু

মহারাজনা মনিপুরগী মপান্দা য়ারিবথৈ লেঙবীগনু । অকুবা থবকীদমক লেঙবা তারবমু থুবা হনবীরকউ । মহারাজনা মপান-

দা লৈখিবা মতংদা মনিপুরদা হয়াম চিনখি লুং পাং য়াম্মা কনখংলকই, প্রজাশিংনা খাঙবদা য়ামনা বাই। মরম অসিনা প্রজাগী অরাবসি য়েংবীতুনা মহারজনা য়ারিবংখৈ মনিপুর থাদোকপীগনু।

হায়রিবা মেমোরেন্দম অসি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ "নিখিল মনিপুর প্রজা" গী সভাপতিনা প্রাফ তৌই অদুগা জেনে-রেল সেক্রেটরি বায়েনবম নিংথৌজাও সিংনা কপি তৌরগা (১) খগেন্দ্রজিৎ সিংহ (২) ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ (৩) চোংথাম মেরামচা সিংহ অমস্তুং হিজম হরাটমতোন মী মরি অসিনা খুরাই, য়াংখৈ. থায় অমস্তুং য়াইস্কুলগী বিপ্রজেক্ট টিভনি হায়বগী লিদর মরি অসিনা এপ্লিকান্ড ওইরগা য়াখনদা পিটিসন রাই-টরগী মওংদা বায়েনবম নিংথৌজাওগা মগা অসিনা সহি তৌবা মেমোরেন্দমনি।

নিখিল মনিপুর প্রজাগী লিদরশিংনা মেমোরেন্দম অসি থাগৎখিবগা তুমিন্না লৈখোক্তে। লমাই অমদি ইম্ফালগী মফম কয়াদা পব্লিক মিটিং ওর্গেনাইজ তৌরগা মখোয়গী সপোর্টকী-দমক সহি খোমগংখি। ইম্ফাল এরিয়াদা লৈবা চৌকিদার পুন-নমকপু য়ুমথোং খুদিংদগী কণ্ড খোমগৎনবগী দায়িত্ব পীনরম্মী। অসুম তৌনা প্রজা মীয়ামগী সপোর্ট ফংলকপা ফণ্ড খোমগৎলকপা অসিনা পার্টি অসিগী এক্টিভিটিজ নোংমা-নোংমগী হেনগৎলকখি। লিদর.শং অসিনা কদাই কাওনা হেনগৎলকপগে হায়বদু মী শি-বগী লাইরিক তাকমদা, তপ'নগী উসব ফংফম কাওবদা থবক পায়খৎলকখি। অসুম তৌনা ওক্টোবর য়ৌশিন্নক্লে। ওক্টোবর য়ৌরক্লবা মতম অহদা হায়দগী মখোয়গী পাঙ্গল হেনগৎলকখি। ওক্টোবর য়ৌরবা কাওবদা মহারাজনা ঈশিং খাজনাগী কক্সিদর তৌবগী বাকন থোইনা ৫ তে ঈশিং খাজনা তোনবা মীবু কাছুনা জেলদা থনা, একাগাড়িগী খাজনা তোনবশিংবু লম্বীদা থুংলগা একাগাড়ি মুন্দূনা ওফিসতা পুখংলকপদগী নিখিল মনি-পুর প্রজাগী লিদরশিংশু মখোয়গী মুভমেন্ট কনখৎলকখি। নিখিল মনিপুর প্রজাগী লিদরশিংনা তাং ৬/১০/৩৫ ইংদা অনৌ-বা মেমোরেন্দম অমশু মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা পীশিনখ্রে।

## ১। তাং ৬-১০-৩৫ ইংগী মেমোরেন্দম

তাং ২১। ৫। ৩৪ ইংদগী তাং ৩০। ৫। ৩৪ ইং ফাওবা পোলিস লেগু. হয়িং খোবম, ময়ুখৌ শেরাংগী মগুমাং, য়াইস্কুল খোংলেন য়াইচববা, মুত্তু হৈরংখোং হৈস্না মমাং হাম-জোবা কৌবা মফম অাঁসদা মহাসভা তিন্নবা অমম্নুং মেলা তৌখিবনু, মহগী শীল্লিবা মীওইশিংনা খগুদনুনা তৌবা ওইরম-লোই মখোয়গী তোঙানবা অনিগুবা লৈরম্বা য়াই, মনুগী ফলদি লৈবাক্তী নিংথৌগী অকায়বা লাকদৌবা ফত্তবা থবক্নি। অসি-গুম্বা ফত্তবা লৈবাক্তী মাগুননবা তৌরম্বা মীওইশিংবু এক্সন লৌথংপা অঁতুনা লৈবাক নিংথৌগী খোক্লকপা য়াবা ফত্তবা ফল কোকপম্নু য়াই।

## ২। মহাসভাগী সেসনগী ভিজিং ফী লৌগনি লৌরোই তৌখিবা অফবা থৌশিল নত্তে

নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাগী সেসনগী ভিজিং ফী [শিকি] অমমম লৌগনি হায়না নোটিশ তৌখি। অমুক লৌররোই হায়না অমুক লাউথোকখি, মমৈথংদা ভিজিং ফী লৌখি। মদু অফবা থৌশীল নত্তে। শাঁল্লিবা মীওইশিং অমু মনি-পুরগী শাসন তৌরিবা মীওইশিংনী অমুগুম্বা মীওইশিং অতুনা সাসন তৌরদা অফবা সাসন লাক্তনী হায়বা থাজদে।

## ৩। ঈশিং খাজনা তোনবগী মী ফাবদা লান্না ফাবা য়াগেই

ঈশিং খাজনা তোনবগী মী ফাবদা ঈশিং খাজনা থৌফম থোক্তুনা থীংবা মীবুম্নু ফোরেষ্ট-মেম্বরনা ফাখি অদুগা অমুক খাকন থোক্তবা মী ওইরম্লে হায়রতুনা অমুক খাদোকই, মীশক অতুম্মক অমুকম্নু খাদোকই. মীশক অদু ঈশিং খাজনা তো.ম হায়-দুনা অমুকম্নু ফাবা অদুগা অমুকম্নু খাদোকপা য়াওখি। অদু অফবা থবক নত্তে।

## ৪। ফত্তবা মী লৌখোক্লগা অফবা হাপ্পিয়

অঙ্কম তৌনা অকায়বা ফত্তবা থবক তৌরিবা মীশুংশিং অসি লাইয়িক ৈহবা নত্তাশিংনি। মখোয়গী লৌখোক্লগা মখোয়গী মহৎ জ্ঞান লৈবা সাসন তৌবা শুমংদবা অফবা থবক তৌগদবা মীতা হাপ্পনা সাসনা অফবা ওইগনি।

## ৫। জুরর হাপ্পদা প্রজাগী ভোৎ কৌবীয়ু

মনিপুর স্টেট দারবার অমদি অতৈ কোর্টশা বিচার তৌবা মতমদা মশক নাইবা মী খর খর (জুররশিং) তাবা য়াহল্লি। জুররশিং অহুম কোর্টশিং অমনা অচুম্বক হাপ্পি। মতুংনা জুরর হাপ্পগী কাপ্পবা লৈতে। মরম অসিনা প্রজাগী ভোংনা জুরর হাপ্পিয়ু

মথক্তী মেম্বোরেন্দম অসী মহারাজনা ফংবদগী ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিংসু মরোলশিং অসখত্তবগুম তৌ। মতুদগী মনিপুর স্তেট দরবারনস্ তানজা য়েংহনা লৈরক্লে অদুগা "নিখিল মনিপুর প্রজা" গী লিদরশিংসু মখোয়গী অরেয়বীদা মুভমেন্ট কনখৎলক্লে। রিভোলুসনরি লিদরশিংনা পুখোরকলিবা পোৎশু পুম্নমক অসি প্রজাশিংনা য়নিংঙি। মরম অদুনা লবাই অমদি ইম্ফালগী প্রজা মীয়াম্না নোংমনোংমগী রিভোলুসন কনখৎলকপদগীদা রিভোলুসনরি লিদরশিংবু ফাহনা জেলু পীরবা হোৎনরকখি। তাং ২২ ১০।৩৫ ইংদা রিভোলুসনরি লিদর লাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ, কেইময়ুম তোম্বা, চোংথাম মেরামচা, হিজম হ.াইংতোল অমসুং রায়েনবম নিংথৌজা সিংহ মশুং অসিনা ধুমদা শচ্চ তৌখি। মতুদা চে কয়া ফাগ খি। রিভোলুসন অসিদা শরুক য়ারবা নম্বোল মায়কৈগী মঁওই নরনা তাং ১৭।১০।৩৫ ইংদা নম্বোলদা মিটিং অমা তৌরগা মখোয়দি রিভোলুসন অসিদা থোইনা রাখল চঙলুবা লৈতে, রিভোলুসনরি লিদরশিনং তৌরকপা থবকশিংদা কো ওপরেসন পীজদে হায়বা মনিপুর স্টেট দরবারদা অমশুং রারেপ, মহারাজদা থাগংখি। রারেপ অদু জুদিসিয়েল মেম্বরগী পোলিস্টতা তাং ২৪.১০.৩৫ ইংদা থাদরকখি।

দরবারগী পোলিস মেম্বরগী ওদর্র অমমা তাং ২২। ১০। ৩৫ ইংদা সর্চ্চ তৌরে অদুগা জুর্দিসিয়েল মেম্বরনা তাং ২৪-১০-৩৫ ইংদা রিভোলুসমরি লিদরশিংগী মর্থক্তা আইনগী মতুং ইন্না থবক পাল্লথংনবা ওর্ডর অমগা পীরকপদগী তাং ২৪-১০-৩৫ ইংদা পোলিসনা পোলিস কেস নং ৫২, ১৯৩৫-৩৬ রেজিষ্টার তৌরে। অমসুং রিভোলুসনরি লিদর মাপন তাং ২৬। ১০। ৩৫ ইংদা ফাখি।

# ফাখিবা লিদরশিং অদুগী মমিং

১। লাইখুরাম খাগেন্দ্রজিৎ সিংহ বাংখৈ।
২। কেক্রিমযুম তোম্বা সিংহ, খুরাই শোয়বম লৈকাই।
৩। চোংথাম মেরামচা সিংহ খাই লামাবম লৈকাই।
৪। হিজম হরাইমতোল সিংহ য়াইস্কুল।
৫। য়ায়েনবম নিংথৌজাও সিংহ শীংজমৈ।
৬। মুতুম চাওবা সিংহ, খাই ললাম্বুং।
৭। চুংথাম য়াইমা, চৌঃ নং ১, খায় ললাম্বুং।
৮। হিজম চাউতোন সিংহ, চৌঃ নং ১৫—খাংখৈবন্দ।
৯। পোংশুমম নিংথেমজাও সিংহ বাংখৈ।

তাং ২৬। ১০। ৩৫ ইং অসিদা মথক থংবা লিদর মগুম্বু জেলদা থাজিনপ্রে অদুগা মথাগী মরি অসিবুনা সুমিৎ অসিমক্তদা জামিন্দা থাখি।

পোলিসনা রিভোলুসন অসিগী মরী লৈনৈ অমসুং য়াওই হায়না খনবা লম্বাই অমত্তং ইস্কালগী মী কয়ামুক কীন্না মখোয়গী ষ্টেটমেন্ট কুপনা লৌরবা তুংদা তাং ২৮। ১১। ৩৫ ইংদা বিচারগীদমক মণিপুর ষ্টেট দরবারদা থাগৎখি মীওই কয়াদগী এনকারী তৌরবন্তু রিভোলুসন অসিগী মরী লৈমনা অতোপ্পা মী কাবদি লৈখিদ্রে।

পোলিসশ্রী এরনকারী তৌথিবা মীপিংগী সিং

## নম্বোল

(১) মাইয়োম মধুমঙ্গোল সিংহ, নম্বোল পঞ্চায়েৎ ক্লার্ক (২) লাম তোম্বাসং থোহোরি (৩) খুন্দ্রাকপম কুমচান্দ (৪) লাইশ্রম কলমনি

## ব্রাংথৈ

(১) নোংমাইথেম সনাই তোম্বা (২) নোংথোম্বা তোম্বা (৩) তোকপম তোম্পোকচাও (৪) লাইশ্রম গৌর। (৫) তোইজম মতুম চৌকিদার (৬) কানতৌবা চৌকিদার (৭ শিক্লাই চৌকিদার (৮) শিংগা অকোজাও চৌকিদার, (৯) নোংথোম্বা শাজৌ চৌকিদার (১০) মহাকপম মুমজাও (১১) গুরুমযুম ইবোহল শর্ম্মা (১২) থাংজম অঙাজোন (১৩) অথোম বাবু (১৪) শগোলসেম হাওজৌ (১৫) ব্রাংথেম বাবনী (১৬) লৈরেম্বম ইবোচাওবা।

## থৃব্রাই

[১] চুংথাম মনিক সিংহ অমপুং [২] থাইদেম ইবোতোন

## তেরা কৈথেল

(১) চবুংবম খোলে [২] থোরো শর্ম্মা [৩] অয়েকপম চন্দ্রহাস সিংহ।

## উখ্রিপোক

(১) কোজেং অমুজাও, চৌকিদার (২) তাইবংকম তম্বাজাও।

## থৌবাল

[১] ওক্রম গুলাপ [২] শোইবম তেম্বা মন্ত্রোর [৩] খোকচোম তোনশিশক [৪] খুরাম তুলো, মন্ত্রোর [৫] অঙাংমাইমা মন্ত্রোর [৬] মাইথোম চাউবা চৌকিদার [৭] থঙ্কেংশিজ

## মাইরিপোক

(১) লাধুমিয়া (২) কমালি মিয়া (৩) গুলাম মিয়া (৪) হাউজো মিয়া ।

## চিংঙামখা

(১) লৈমপোকপম অমুবৈ (২) খোংঙাম অঙাহল (৩) খোকচোম অঙোবা (৪) খোইরাংথেম থরো (৫) নোংথোমবম চাউবা চৌকিদার (৬) শামু চৌকিদার ।

## কৈশামথোং

[১] নাউরোইবম তোম্পোক চৌকিদার ।

## খুরায় ব্রহ্মাপুর

[১] লাইময়ুম বীরমঙ্গোল শর্মা [২] ফৌগৈশংবম ইবা [৩] নোংমাইথেম তোম্বা (৪) গুরুময়ুম রাজবাবু ৫' লাম্বাবম ইবোমচা (৬) নিংথৌজম চাউবা [৭] খোকচোম নবীন (৮) কোনথৌ বাচা [৯] মনিহার (১০) খাঙেম্বম চাওতোম্বী ।

## খুরাইব্রাহ্মণ

(১) হাজারিমায়ুম কৃষ্ণগোপাল শর্মা (২) শামুরাইলাৎপম মনি শর্মা (৩) শামুরাইলাৎপম লালহরি শর্মা।(৪) লাইরেল অঙৌ (৫) শোরো। বীরমঙ্গোল (৬) আর, কে, সনাহাইবা ।

## খুরায় লমলোং

(১) আর. কে. খম্বোমলা (২) হাজারিময়ুম বাপু (৩) গুরুময়ুম গৌরমনি (৪) গুরুময়ুম গোপাল শর্মা (৫) মুতুম তোলমু (৬) মুতুম নিংথেমজাও (৭) মুতুম কালশাই (৮) অচোম বাবু (৯) নিংথৌজম বীর (১০) অহৈবম অঙাংজাও (১১) নিংকাম চয়েরখা (১২) চোংথম থরোজাম (১৩) আইখাম চাওবা ।

## থাংমৈবন্দ

(১) ছুইনিংগুম্বম নিংথৌ (২] শগোলসেম অঙাকপ (৩) শরোখাইবম খম্বৌ (৪) অবাম্বম থম্বৌ (৫) মাধব নোংথোম্বম মেরা ।

## মোইরাংখোম

(১) ঙাংবম ইবুংঙোহল (২) ফৈরেন সিংহ. এক্স কাবিলদার, এম, এম, এস. পি. চিংঙাখম অমুব ।

মথক্কী মীওই ৮১ অসিগী স্টেটমেন্টশিং অহ্ম ইংরেজী শরুক্কা য়েংবীয় । ;

অম্মুম তৌনা মী ৮১ অসি ঃ মফমদগী এনকারি তৌরব-তুংদা মনিপুর স্টেট দরবারদা তাং ২৮ । ১১ ৩৫ ইংদা বিচারগী দমক থাগংখিবনি । মনিপুর স্টেট দরবারদা, ক্রিমিনেল কেশ নং ৩০ ওফ ১৯৩৫ হায়না কেশ রেজিষ্টর তৌরগা বিচার চংখি । থা মঙাগা মুমিং তরেংনি বিচার তৌরগা তাং ২০ । ৩ । ৩৬ ইংদা রাই হায়দোকখি । রাই অহুগী মতুং ইন্না :-

১। লাইখুরাম খাগেন্দ্রজিৎ সিংহ রাংখৈ আই, পি, সি, সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না থা অমমম মিয়াদ পীখি ।

২। ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিং, খুরাই শোইবম লৈকাই, আই, পি, সি সেকসন ১২৪ [ক] গী মতুং ইন্না থা ১ মিয়াদ পীখি ।

৩। চোংথাম মেরামচা, খুরাই ললাম্বুং মখোং আই, পি, সি, সেকসন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না থা ১ মিয়াদ পীখি ।

৫। রাজকুমার নিংথৌজাও সিংহ ১ম পুংস্নবম নিংথেমজাও সিংহবু আই, পি. সি, সেকসন ১২৪ {ক) কী মতুং ইন্না থা ১।১ মিয়াদ পাখি । অদুগা মুতুম চাওবা, চুংথাম য়াইমা, হিজম চাওতোন অহুম অসিবুনা মরাল থোইনা লৈতে হায়দুনা থাদোকপ্রে । মথক্কী কেশ তাপ্রবা মীওইশিং অসিবু মখোয়না পাম্বা মতুং ইনা

জেল ওখোরিষ্টিনা, জেলগী মপান্দা ইরুজবা অমসুং মখোয় মশা-না জেলগী মপান্দা চাক খোংহুনা চাজবা য়াহনখি। মখোয়না চাক খোংননবগীদমক্তা জেল ওখোরিষ্টিনা শগু মচা অমা শানুনা শম্মীখি। মখোয়না জেলদা খা ৬ মুনিং ৭ নি লৈবহুদা নোংম ফাওবা জেল মহুংদা চাক চাখিদে। মখোয়গী রেসন জেল ওখোরিষ্টিনা অহুম পীখি। জেল তখিবা মী ৬ মক তাং ১৯ ৪ ৩৬ ইংদা জেলদগী থদোকখি।

জেলদগী থোরকপা মখোয়না তুমিন্না লৈখোক্তে হেন্না চাউবা রাজনৈতিক দল অমা মনিপুরদা লৈরগা লৈবাক্কী অফবা ওইগনি হায়না খল্লখী। মতুগী লম্বী য়েংবসু হৌরকখি। মতম খরদ ধর্মগী মায়কৈদা, অমাং অশেংগী অন্দো-লনগী মায়কৈদা অমুক চণ্ডশিল্লকখি। ইং শোক ১৯৩৭ তগী নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাগী কন্মিশিংগা লোয়ননা ব্রহ্মসভাগী মাইয়োক্তা অমঃ অশেংগী লান থেংনমিন্নরকখি। ইরাং অসি উরকপদগী নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাদা য়াওরবা ওফিসার কয়া মহাসভাদগী তোক্লরকখি। মমৈথংদদি মহারাজ অঙোম নিংথো ফাওবা মথং মথং তোকখিবগীদি ইং শোক ১৯৩৮-গী ওক্টোবর থাদদদি খগেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং ইরাবত সিংহ অনি রা তাননবা ছুংদা নিখিল মনিপুর প্রজা হায়বা রাজনৈতিক দল অসি নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাদা মজ' তৌপ্রে। মখোয় পুন্নমক মহাসভা য়াওশিনপ্রে।

# রাজকুমার লাংসনাগী পুন্সিগী শক্লপ্পা রারী

রাজকুমার লাংসনা উরিপোক অচোম লৈকাইদা ইং.শাক ৮৪৯দা পোকই। মহাক পু পোকপা মপাগী মমিং দি মহারাজকুমার কুলেন্দ্র হায়না কৌই। মহারাজকুমার কুলেন্দ্রবু উরিপোক তবা হায়নমু খঙলৈ. খুরাই লাকপা ওই. মহারাজ নরসিংহগী মচা ইবুংঙোনি। রাজকুমার লাংসনা খ্বায়না লাং সাহেব হায়নমু কৌনৈ। ধ.দা পুক্নিং চঙবা মীশক অমনি। ঈশৈ তৌহনা শ্রাদ্ধনচিংবা সংকির্তন কয়াদা ঈশৈ হন্দুনা ঈশৈ শকপনা মক ওইবা শিংনম ও/রপ্পী। থাঙ—তা নীংথিনা লৈ। ইংশোক ১৯৩২ দা গৌরসম্প্রদাই মহামভাদা য়াওখি। নিখিল মনিপুর প্রজাদা য়াওহুনা ইং.শাক ১৯৩২ দা ঈশিং খাজনা কোকনবা অনলোন-তৌবদা লুহিংবা ওইনা য়াওহুনা তাং ৮ ১১। ৩২ দগী তাং ১১। ১১। ৩২ কাওবা জেলদা লৈখি। রাজকুমার লাংসনা ইংশোক ১৯৪৩ দা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।

# লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ (ইবুংঙোহল)

## জ্যোতিষ রত্নাকরগী পুন্সিগী ৱারী

ইং শোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫নি পানবা নোংমাঈজিং সুমিত্তা ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকায়দা খগেন্দ্রজিৎ সিংহ পোকই। মহাকপু পোকপা মপানা লাইখুরাম শেঙ্গোয় সিংহ অমসুং অপোকপী মমানা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। মহাকী মপা পোকপা মপুবোক লাইখুরাম কুলধ্বজ সিংহ, মহাবলি ঠাকুরগী সেবায়ত ওইরম্মী। খ্বায়না বাবাজী মহন্ত হায়না খঙনরম্মী অমসুং মতম অহুগী ইনাকখুনবা অফাঙবা অমনু ওইরম্মী। মহাক পোকপা চহী অহুমক্তদা মহাকী মপা অমসুং মপুবোক মথং মথং লৈখিদ্রে। য়ুম মৈ চাকপনচিংবা খুদোংথীবা কয়া থোকখিবদগী পোকপা মতমদদি ইনাকখুনবা ইমুংদা পোক্লবসু চহী খরদংগী মঙ্গুংদা নৌনা লুথ্রা ওইরবী লায়রবী মুপী অমগী অমত ঙাইজরবা মচানিপা ওইরক্লে। তাপ্পা অহুদা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা মপাবুং রাজকুমার সিংহধ্বজ সিংহসু লৈখিদ্রে। হৌজিক্তি রাজকুমারী থরোসমাগী ফীভম অসি পীক্লিবা মচাবু য়োকপদা ৱামনবদগী শোল্লবী মমা থজোং দেবীবু সেবা তৌবা অমসুং পীক্লিবা মৌপ্পা রাজকুমার নবদ্বীপসনাবু চাউননবা য়োকপসু মহাকী থৌদাং ওইরম্মী। মতম অহুদা রাজকুমারী থরোস্না, ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চিংগাংবম পঙ্গোয় সিংহগী মঙোং লৌরম্মী। পঙ্গোয় সিংহ, সুরচন্দ্র মহারাজগী অন্দ্রোগী লৌ অমসুং ফৌগৈ পান্নবা ইনাকখুনবা মীশক অমনি। পঙ্গোয় সিংহনা খগেন্দ্রজিৎপু মচামকুম্না লুনা চান্না য়োকপিখি।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু খ্বায়না ইবুংঙোহল হায়মসু কৌরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক য়াম্না তমমদে এল,পীগী,অরোয়বা পরিক্ষা

মাওজা থীরমদে। তৌইগুমন্নু হোৎনবা কনবগী সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গলি লোন্দা ইবা জ্যোতিষ সাস্ত্রগী লাইরিকচিংবা করাদা নীংথিনা মমু, তানা নৈনবা ওমখি। বেঙ্গলি ওাংবদদি বাঙ্গলা লৈবাকমক্তদা ব্যবহার তৌনখি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা নিংথেম পুথ্রি মপান্দা কাওবম তুলসিংদগী প্রাঙ, তা, গদা. আরাম্বাই হুনবনচিংবা নীংথিনা তমখি। শগোল তোংহুনা আরাম্বাই হুনবদদি মহাক্কুম্বা মশীং য়ামমন্রে। মৈতৈ-পালা য়াওহুনা ঈশৈ তৌবা মী অমসু ওইরম্মী। বাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার রামসনাদগী পাঞ্জিগী মরমদা নীংথিনা তমখি। মমৈথংদদি মহাক্কী মরু ওইবা শীনফমদি পাঞ্জি তৌবনা ওইখি। মাইবা শাবসু নীংথিনা হৈখি। মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তদি ভারতবর্ষদা মহাক্কী মিং পল্লখি। ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা মী অমসু ওইরম্মী।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা ভারতকী তীর্থ কোয়ননবগীদমক ইংশোক ১৯২৩ দা মণিপুরদগী যাত্রা তৌখি। কাছারদা মতম খর লৈরিঙৈদা মোইরাং মাইবগী মফমদগী মাইবগী থবক তম্না তম্না লাইয়েংহুনা শেল তাল্লম্মী। মতম খরগী তুংদা মথং মথং নবদ্বীপ তাম্না চৎথিরম্মী। নবদ্বীপ্তা লৈরিঙৈদা মাইবা অমদি পাঞ্জিগী হীরমদা মহাক্কী মিং পাক্না শন্দোকখি। মতম অদুদা মণিপুরগী দেবেন্দ্র মহারাজগী মচা ইবেম্মা, ত্রিপুরাগী মহারানী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী, ত্রিপুরাগী কোমুংদা অনাবা লুংঙাইরমদে। মতম অদুগী ত্রিপুরাগী মহারাজ, শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারানীগী মও, বীরবিক্রম মানিক্য বাহাদুরনা মবেনশিজ মহারানীগী লাইয়েংনবগীদমক খরচকা লোয়ননা টেলিগ্রাম থারক্লম্মী। টেলিগ্রাম ফংবগা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা ত্রিপুরাদা চৎতুনা মহারানীগী অনাবদু লাইয়েংখি। অনাবদু থুনা ফখিরম্মী। মচা পোক্তবী, লুপ্রা ওইরবী অহনবী মতম ওইরবী মহারানীনা খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু মচামক্না লুনা

তৌখিখি। মহারানীনা অমখক্তা তোংবা কার অহুম্মক, মহারানীগী মমল খ্বাইদগী য়ামলবা ইনফি অতুম্ব খগেন্দ্রজিৎ সিংহদা মনা ওইনা পীখিখি। খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু মহারানীনা তলব মতীকচানা পীদুনা প্রাইভেট সেক্রেটারী ওইহনখি। মহাক পাঞ্জিগী খবক্তা পেনবীরদুনা মহারানীনা জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা মিংথোল অসিমু পীখিখি। খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারী খরোসনাবু মণিপুরদগী কৌরগা খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা মহারানীনা খরচ পুম্নমক পুখোক্লুনা ইংশোক ১৯২৬ দা ভারতকী তর্থ কোয়মিন্নরম্মী। খোঙচৎ অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা নবদ্বীপ্তা অনুপ্রভুগী কম্পাউন্দা লাইগী সেবাগী অমদি যাত্রিকশিংগী খুদোং চাননবগীদমক খরচ পুম্নমক পুখোক্লুনা শুহা অমা কংলম্মী। ইংশোক ১৯২৮ দা মহারানীগী অনিরক শুবগী তীর্থ কোয়বদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহ মশামক, মাগী ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক মহুদগী হেল্লদুনা খগেন্দ্রজিৎকী থাঙ-তা অমদি মাইবগী সেবক শাখা কয়াম্ভু (মণিপুরদগী) লোয়নরম্মী। খোঙচৎ অদুদা কলিকটাদা থা ৭ লোম লৈবিডৈগী মনুংদা ভারত কংগ্রেসকী কলিকটা সেসন ফমখি। সেসন অদুদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, ভিজিটর ওইনা য়াওখি। 'সেসন অদুদা গান্ধীজিগী ভাষন তাবদগী খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী পুক্নীংদা রাজনীতিগী মক্ক হুনখি। সেসন অদুগীদমক মহারানীনা দান চাউনা তৌখি। মহারানীনা সেসন অদুগী দান তৌবদা নত্তনা ভারতকী মফম কয়াদগী লাক্লিবা দেলিগেৎশিংগী অৱাংপা কয়াগীদমকশু মহারানীনা শেলগী মতেং পাংখি। পুম্নমক অছু খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা শিন্দুনা তৌবা শুক্তনি। কলিকটা থাদোক্লুনা মহারানীনা অতৈ মফমদা চংপা মতমদা লম লম অছুগী প্রজাগী অৱাং-অপা কয়াদা মরু ওইনা কংগ্রেস কর্ম্মিশিংনা তৌরম্বা পোর ষ্টুদেন্টস ফণ্ডদা অমদি লোকেল দিভলপমেন্টকী খবক্তা দান য়ামা তৌখিরম্মী। (মহারানীগী খোঙচৎ

অদু পুস্তিগী অরোয়বা খোঙচৎনি খন্দুনা ধর্ম্ম তানবগী রাখল অমা য়াওবা খোঙচৎ ওইবা মরম্মা দান নীংথিনা তৌখিবনি) অসুম তৌনা চৎপা খোঙচৎ অদুনা ইংশোক ১৯৩০ দা মণিপুর ম্লোরকখি। মপাম লমদমনি হায়দুনা চহী অমরোম মণিপুরগী কোম্নুংদা লৈখি। ইং ১৯৩১ গী মার্চ্চ থা লোইরমদাইদা (য়াওশঙ মতুংদা) ত্রিপুরাদা হুনখি। ত্রিপুরাদা হুনখিবা থা ২/৩ লোমদা ঙাইরিঙৈদা ইংশোক ১৯৩১ গী চহী তংথায় চল্লকপা মতমদা ত্রিপুরাগী কোম্নুংদা শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারানী লৈখিত্রে।

মহারানী লৈখিদবগা খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী পুক্রিংদা রাজনৈতিকী রাখল খনবা হৌরক্লে। বৃটিশ অমদি নিংথৌগী সাসনগী পব্বারনা য়াম্না কন্না লৈবা মরম্মা ভারতকী নিংথৌ পান্দবা লৈবাকশিংদা রাজ-নৈতিক নৈনবা য়াবগুম্না মণিপুরদদি মতম অদুদদি য়াদে। মদুগী মরক্তা করম্না রাজনৈতিকী থবক পায়খৎকদগে হায়বদু খন্দুনা লৈখি।

অহানবমক্তদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা গৌর সম্প্রদাই মহাসভা হায়রবা গৌরধর্ম্ম চাওখৎননবগী পান্দম ওইবা ধর্ম্মগী সভা অমা লিংখৎলে। ধর্ম্মগী সভা তিনবগী মরক্তা রাজনৈতিক নৈনবগী খুদোংচাবদু কংগ্রে। মহাত্মা আসাম মণিপুর বানিজ্য সমিটি হায়বা সমিটি অমসু শেমখি। মদুনা আসাম অমদি মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ মচা কারবার তৌবশিংগী লিংকিং থমদুনা থবক তৌবা ঙম-হনখি। ইংশোক ১৯৩২ গী মতমদা ঈশিং থাজমা তোনবগী মীফা মীপুন তৌরক্লবা মতমদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা "নিখিল মণিপুর প্রজা" হায়না কৌবা রাজনৈতিক দল অমা শেমলগা মদুগী মখাদা ঈশিং থাজনা কোক্লবগী অন্দোলন তৌখি। অন্দোলন অদুদা লুচিংবা থরা কাদুনা জেলদা লৈরুরবসু কুইনা লৈখিদে। পুমকোক কোকপা নত্রবসু হাম্না লুপা ২॥০ খীরম্বদগী লুপা ২ দা ২ দগী লুপা

১॥• দা থীবা তাখি। হান্না লৈরম্বা জরিমানা পূন্নমকনু কোকলে, লুপ্রা-পাপ্রানচিংবা খ্বায়গা মীমান্নদবা কয়াগী খাজনা কোকপ্রে। মতুংগীনু মথক্তা চহী অহুম লৈরগা কোক্লনবগী অমুক কন্সিদর তৌগনি হায়নমনু মহারাজনা হায়বিখি। অসুম তৌনা অন্দোলন অদু নিংথীনা মায় পাকখি। ইংশোক ১৯৩৪ দা য়াইস্কুল পোলিস লেন্দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ফমনবা থৌরাং তৌরকপা মতমদা মহাক্না য়ানিংখিদে। পোলিস লেঙ হায়বা মফম অসি হন্বিং খোঙবান, মবুধৌ শোরাবগী মশুমাঙ, য়াইস্কুল খোঙলেন য়াইচনবা, মুতু হৈরাংখোং হৈস্না মমাং হামজৌবা হান্না মৈতৈ পুন্নাদা শীংথারিবা অরুবা, মী তিলহৈদবা মফমনি। মরম অদুনা মফম অসিদা তিনহনগনু, সনা কোগুংদা ভিলহল্লু হায়না অইবা চে অমমা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা হায়জখি। মাগী রাজ্য মহারাজনা য়াখি। মহাসভাগী সেসন অদু পোলিস লেঙদা ফমখিদে, সনা কোম্নুংদা ফমখি।

ইংশোক ১৯৩৫ স্নৌরক্লবা মতমদা অচৌবা রিভোলুসন অমা হোৌনবা শেম শাখি। ইংশোক ১৯৩২ দা ঈশিং খাজনাগী অন্দোলনগী মতমদা মহারাজনা চহী ও লৈরগা কোক্লনবা কন্সিদর তৌগনি হায়খিবদুগী মতমদু ওইশিল্লকপা মরম্না রিভোলুসনগী তাঙ্গা অমা চাখি। আগষ্ট থাদা দাবী ৮ য়াওবা মেমোরেন্দম অমা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা লুচিংদুনা মহারাজদা থাজিনখি। মণিপুর প্রজাগী সপোর্ট ফংননবা হায়দুনা লরাই-ইম্ফালগী মফম কয়াদা পব্লিক মিটিং তৌখি। প্রজাগী সপোর্ট নীংথিনা ফংখি। মথোয়গী দাবীশিং অদুগী মরক্তা দরবার মেম্বর ভোংনা থনবা, ঈশিং খাজনা কোকপীবা, একাগাড়ি খাজনা কোকপা, ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎপা, কো-ওপরে-

টিভ সোসাইটি লিংখৎতুনা কেয়ার প্রাইস-সোপ হাংদোকপা, রাইস মিল থিংবা অসিনচিংবনি। খগেন্দ্রজিৎকী লুচিং মথাদা নিখিল মণিপুর প্রজাগী লিদরশিংনা তাং ৬। ১০। ৩৫ ইংদা অতোপ্পা মেমো· রেন্দম অমস্তু মহারাজদা থাজিল্লে। তাং ২২। ১০। ৩৫ ইংদা পো· লিসনা লিদরশিংগী য়ুমদা শচ্চ তৌহুনা চে কয়া ফাগৎথ্রে অহুপ কেশ অমা রেজিষ্টর তৌথ্রে। তাং ২৬। ১০। ৩৫ ইংদা খগেন্দ্রজিৎ· নচিংবা মী ৯ পোলিসনা ফারে। মথোয়গী মরক্তগী খগেন্দ্রজিৎ· নচিংবা মী ৫ মুমিং অহুমক্তদা জেলদা থমথ্রে অহুগা মী ৪ ন জামিন্দা থাথ্রে। পোলিসনা কৃপা এনকারি তৌরবা মতুংদা তা· ২৮। ১১। ৩৫ ইংদা মণিপুর ষ্টেট দববারদা বিচারগীদমক থাগৎথ্রে থা ৫ রোম বিচার তৌরবা তুংদা তাং ২০। ৬। ৩৬ ইংদা রাই হায় দোকখি। রাই অহুগী মতুং ইন্না আই, পি, সি সেক্সন ১২৪(ক অমস্তুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না খগেন্দ্রজিৎ সিংহবু থা ১ মিযাদ পীথি তাং ১৯। ৪। ৩৬ ইংদা জেলদগী থোরকথি।

ইংশোক ১৯৩৭ তগী ইরাবত সিংহগা তান্নরগা নিখিল মণিপু প্রজা অমস্তুং নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী কর্ম্মিশিংনা ব্রহ্মসভাগ অমাং-অশেংগী তৌরকপা হুকুমশিংগী মাইয়োক্তা সমাজগী অম ধর্ম্মগী অন্দোলন তৌমিন্নখি। ইংশোক ১৯৩৮ গী অরোইবা শকত "নিখিল মণিপুর প্রজা" নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা ম তৌথ্রে। ইংশোক ১৯৩৮ গী দিসেম্বর ৩০ দা তৌখিবা মহাসভাগ সেসন্দা মহাসভাগী অনৌবা রার্কিং কমিটিগী মেম্বরশিং ইলে তৌহুনা থনবদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহবুস্তু মহাসভাগী রার্কিং কমিটি মেম্বর অমা ওইনা ইলেক্ট তৌখি। ইংশোক ১৯৪০ দা ইরাবত লুচিংহুনা শেমখিবা মণিপুর প্রজা সম্মেলনীগী রার্কিং কমিটিগী মেম্ব ওইখি। সম্মেলনীনা নন-কো-ওপরেসন অমস্তুং সিভিল দিস ওবি

দিয়েন্স মুভমেণ্ট তৌবদা ইরাবতনা জেলদা লৈগ্রবা মতুংদা খগেন্দ্র-জিৎ সিংহনা লুচিংহনা প্রোগ্রাম পুন্নমক মপুং ফানা পাওথোকখি। ইংশোক ১৯৪৫ দা মৈতৈ ময়েক নৌনা রিভাইভ তৌননবা অমস্থং মৈতৈ পুয়া রিসার্চ তৌনবগী মৈতৈ ময়েক থৌগল মরূপ কৌবা মরূপ অমা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা শেমখি। মহাক্না মৈতৈগী লাইনিং-লাইশোন কয়াবুস্থ পুয়াগী মতুং ইমা খ্বায়দা শন্দোক্লবগীদমক মৈতৈ লাইনিঙ মরূপ কৌবা মরূপ অমস্থ শেমহনা থবক পায়খি। মণিপুর প্রজা মণ্ডল, মণিপুর কৃষক সভা অমস্থং মণিপুর প্রজা সভবগী ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বরস্থ ওইখি।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহ জ্যোতিষ রত্নাকরগী পুন্সিগী ৱারী নৈনরুরগা মহাক অসি জাতিগী কলচর রিভাইভ তৌনবা হোৎনরম্বা, পাঙ্গি ১দি মাইবগী থবক্তা নীংথিনা হৈরবা, ইতিহাস নৈনবা, ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা অমস্থং মণিপুরগী রাজনৈতিকী পাইওনিয়ারমি হায়বা খঙনরি।

খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, ইংশোক ১৯৪৮ গী জান্নুয়ারীগী অহিং অমদা সাইকল এক্সিদেণ্ট থোক্লুনা সাথিনা শোকখি। মহুনা পুন্সি কোন্নবা অনাবা ওইখি। অহুম ওইনমক ইং ১৯৪৮ গী মার্চ থাদা তৌখিবা মণিপুরগী আইন সভাগী ইলেক্সন্দা ৱাংখৈ কেন্দ্রদা মণিপুর কৃষক সভাগী কেন্দিদেৎ ওইনা ইলেক্সন লেপখি। ইলেক্সন অহু মায় পাকপা ঙমখিদে। ইলেক্সন অহুদা মায় পাকপা ঙমহৌত্রবস্থ মহাক্না য়াওরিবা দল অহুগী দিসিপ্লিন ঙাক্লম্বগী মিংচৎ অহুমখৈদি লেঙদনা লৈহৌই। ইলেক্সন মতুং পংকুই কুইদনা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ কী অয়ুক পুং ৫—৭ মিংতা মহাক্না মুংশিজরবা ভারতবাসী পুন্নমকপু থাদোক্লমহুনা তেংবানবা মপুগী. খুন্না তানখি। মহাক্না লৈখিদবা মতমদা মহাক্কী লোয়নবী কাকলৈ দেবী, মচামুপী ইবেমহন দেবী অমস্থং মচানিপা ইবোবী সিংহ থনম্বী।

